ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টকী মতেংনা কোঙজবা

# অরিবা মৈতৈগী শৈথা



ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র

# লৈমরেন থেংলোন (থৌনিরোন)

তম্ফা ইমা লৈমরেন শিদবী তম্ফা পিরিংনু অহুমনু মাইরেঙ হোৌবী নোংদা নোংখন লেঙ্গী লাইখুবী চনু চাখা নুরোল পীরোন য়াঙ্গী লৈমা অহুমক শানওনবী শঙ্লাই খুনমাবী লৈমুং য়াবী-রোক নোংদা লাইরেন পাখংবনু পোক্লিবী। চৌংন্ত্ত লৈমুরোম্বা য়াহিপ্পী লৈহাওরোম্বা য়াঙারিবী ইচিক খুম্মা ওনলিবী ইশা খুম্মা তম্লিবী ফুরেপ লৈমা লুক্কাওবী নাকথ লৈমা পাওদোইবী লাবা শারোঙ লপ্লেনকাদা মোংবা মুমদাং শাংলিং মুমজাও লৈমা পঙোইবী নারাগী লৈমরেন নঙ্গেঙগী পঙ্গোইবী নাতোম্না নোংথাঙলৈমা লাংলেম্না তম্লিবী চৌংদা কানা খোংনাংথাবী তমদা কুমনা চুম্নাং লুরোইখেংপী হুপ্লা মাপান থারিবী হারা মউ লিংলিবী মুকফু পাবোংনরিবী কোলোম লেংথোংনরিবী থাবা চাম্মা শিন্দাকপী অমাই চাম্মা শিন্দমলিবী।

ইপা ইবুংঙো লৈফু-গুরু নামুংবা উন তরুক ঈরিবা য়াওতরুক ই-থাবা ইঙা কুমজেনবা ইঙেন কুমথায়বা নবুক্কা নোংথৌওই ইনমনা য়াঙবী শিদবা শারা শাকন কায়দরিবা পাবোং লৌগুম

শোয়নদা হংগেন লীশুম শাজংনদবা তিনগোং লাইশ্রানা তৌব-
শুম নমৈবু নয়ানা চিক্কনা চাগে থক্কে থেংদরবা ইশিং কনমবদা
য়াহিপ্পা নথক পুঙগা খোনবা নখা খোংগা তৌবা লুমাঙ শমজি
পুন্নগা পঙ্খৌ কৌবা পাউখুম্বা লুতুং শমজি পুন্নগা পলেম কৌবা
পাউখুম্বী খোইরম লাবা অমোম শক্লিবা ইবুংঙো ইবেম্মাদি
পাবোং লীশুম শোয়নদা হংগেন লীশুম শাজংনাইদরিবা। ॐ॥

শুরু চীংঙু কোরৌ ইনোংথৌ খোইমুম য়াংবা ইকাশা শুরু
সনা নীংথিবা শঙ্কোং য়াখায়চেং খায়জেং অরিবদা কমফমবা
নশানৌ ইবুংঙো থোংনাং লীশিঙ চাইবা লীশিঙ চাতরেৎ চাইবা
শুমাঙ ঈ-তাবা লৈনাম উকাবা থক্কনা পাত্র মুথকপা লাল্লোই
খোয়রেন তোম্বা নোংথী কোংয়াঙ য়াচুমশুবা লোক্লৌ পানম
নানমখাঙনা থোংনাং চারা য়াপনকাবা খোঞ্জেন য়াইবীরেন
শিদবনা শম্বা মুংওন পুক্লীং হুবা শুরু সনা নীংথিবা নশানৌ
ইবেম্মা লৈমা তাম্র নিংথৌ কাংবা মোরিয়া ফম্বানচা তক্ষা
হুইজিক হুইমিংনাবী চৌংমুং য়ামশারিক অপিশক্লা য়াকা নিং-
থৌবী চন্দ্র শুরু অহুম্মদি পাবোং লীশুম শোয়নদা হংগেন
লীশুম শাজং নাইদনা প্রম চোতে লুপাক মমুংদা লৈরাংকোক্কা
মৈগা লাক্কা য়াতারিবা ইবুংঙো ইবেম্মা॥ ॐ॥

লৈমরেন খুরুম্নগী—
ইমুংগী ওইবা লাইতিনগী থবক তৌবা খুদিংদা ইমা লৈমরেন
হায়া খুরুমগনি।

# সনামহি থৌনিরোন

হে গুরু! য়াইবী য়েনহৌগৈ, অমম নৈশা হাল্লকপা
ভরং লাইজ ঈ-পোকপা পোইদিং ঈ-কা ফরকপা
পরিং লংম্নুং ভিংলকপা, উকাক মাইথোঙ য়াল্লকপা
শকথোঙ মাইকেম্নরকপা মুংমু পীমাবা
মুঙ্গাং মহারাবা খোঙ্জেন য়াইবীরেন শিদবা
অমম নৈশা হাল্লকপা অরাংপুঙদা লোনবা
শঙ্গোং পুঙমাই লেপ্পা, শঙ্গোং কাঙ্খাওয়াবা
খরম চোত্তে লুপাক্তা নৈরাংনৈশংনা হেনমোইনরকপা
ভুবী নচী নাপ্মদা সনা লোঙখুম পঞ্জন হুকপা
ভুবী নচী পাংমদা লুপা লোঙখুম পঞ্জন হুকপা।
নডু ভুরক খুদিংদা সনানা কোঙ্গোন থিনবা
লুপানা হাজংরৈবা, নমিং চাম্মা পানবা
ননা চাম্মা পানবা ভাদ-খঙদ নৈত্তবা
ভুবী য়েকম্ন য়েকমাংদা লাইরেল য়েকম্ন য়েকশোইদা
লাইরেন হৈগোই মশীংশুবা লাইরেল ফিবম ফবা।
নমৈ মৈত্তোম্না কোরৌথক্তা চুমথাং খাল্লিবা
ভুবী চীরেন পাংমনা নৈখারোম্দা চাক্তারিবা
ভুবী চীরেন পাংমনা য়ুমথোঙ খুদিং চাক্তারিবা
চীংঙু নংগী মোরোইশা ছাক্তনি।

ননাই নচা নগুশিংনা নকুম কুমশ্লোরে হায়রুনা
শংলো মথেন কংচরি
হিংনা চাবা মরম চাম্মা শুরে
ননাইশিংদা লোইমোম কৌবান চাওবা পিবীয়ু
তরেং শেঙ্গাও চোনবা পিবীয়ু
কাওরেন শলগোন থনবা পিবীয়ু
শিদয়াই মপান থাবীয়ু নাদয়াই মউ লিংবীরম্মু
কন্ত হৌদি পুম্নমকম্মু হাওরৈ খা পাংনা হোইথবীখো
ইবুংঙোদি কনবগী মকম্থোক্লে কন্দুম কম্থোকাপিরমউ
ঙাকপগী মঙাকথোক্লে ঙাকুম ঙাকথোকপিরমউ।
ননাইনা খুবাক চাংজো তরানা
লাইনিংথৌ খুয়া থম্বাল লৈকানুংদা পুনেমজরি।
শুরু.... ।

---

# সনামহি থেম্লোন

হে গুরু খোইযুম কংলৈ অশীবা
থরায় তীল্লি শিদবা, তীল্লি ঈতাও লাই নামুংবা
শম্মোঙ পুঙমায় কেপ্পা, থম্মুং য়াইথোঙ শীংবুবা
শরা য়াইথোঙ শীংখাৎরিবা, হে খোইমোম লাইয়িংথৌ
চীংঙু য়াবা খোজেম্লেম্মা, মালেম মপুঙ লাকহৌরকপা
তাইবং নোংসাপান মরোল অহুম্মকপু
লাইজ তরংথক্তা লৈরি য়াঙলৌশোল
শিঙকাপ পরিংথানা মালেম লৈশেম্লকপা
কোরৌ নোংহৌরকপা
খোঙ্গযুম সনা হকচাং তুখোঙ খুদিংদা
তাইবং থরায় মশীংগুনা হাকোকপা
কোরৌ নোংতুবা মালেম লৈতাইবা
খোইমোম থকসি রায়েলবা, চীংঙু খাসি নোংহম্বা
চীংঙু নত্তে য়াম্মা খোইমোম শালওন হকপা
নাহমোং মৈত্তেংঙু লাইরেল নাওখম্বগী মপাম্মি
থাঙই নাওফম অহলবা ওইনা শালওমে
নশানৌ নাওফম অতোম্বগা

---

অশীবা – সনামহি। তরংথক্তা – ঈশিংমথক্তা

লাইম্না নোংজেং ঙাতা পাত্তা
তুবি য়েকয়েংনা লাইরেল য়েক্তম্নরবগা
খোইমোম লাই ওইখিয়ে।

খোইমোম শালওন অমরক্তি
থাঙই খোংজরোংবা মপারি
চীংজেং নারল পাঙ্গনবা কৌনা শালওন্নে
অরাং কৌবা ঈ-মক্নদা চীংপল পলশারময়ে
লম্লেল শঙাইপ্রোদা কোরৌ মুমিং মঙানি কাইরময়ে
পাসা খুল্লেললৈদ খোইয়ুম লাই ওইখিয়ে।

চীংঙু শালওল অমরক্তি
লম্লেল লাংজা লৌপুঙকৈ, পুঙকৈ লমন্নুংশিদা
চিঙয়াই চাহুইরোং শরা নাওফঙচা
হুপচিং লৌখৈ নিংথৌবা
রাইনু চেংপারাচাবু শালওন্নে।

লাইরেল মৈতেংঙু খোঙতেকচা য়োইরেলবনা
চেক্লা নখোঙ পায়রে, মৈতেংঙুগা ঙাইরোইননা
কোরৌ নোংদা পাইনা খোইমোম লাই ওইখিয়ে।

চীংঙু নত্তেহে খোইয়ুম নশালওল অমরক্তি
লাইরেল মৈতেংঙু শেলবী মুংয়াম্বী মশানৌ
নোংবাম্লোন থিঙবা ঙম্মীদা নাকু ফিয়ান্নে
খোইজি মিছল্লে লোইদাম থাম্মুরে

# সনামহি থেম্মোন

হে গুরু খোইযুম কংলৈ অশীবা
থরায় তীম্নি শিদবা, তীম্নি ঈভাও লাই নামুংবা
শম্মোঙ পুঙমায় লেপ্পা, থম্মুং য়াইখোঙ শীংন্নবা
শরা য়াইখোঙ শীংথারিবা, হে খোইযোম লাইয়িংথৌ
চীংঙু য়ারা খোঙেম্নেম্না, মালেম মপুঙ লাকহৌরকপা
তাইবং নোংসাপান মরোল অছম্মকপু
লাইজ তরংথক্তা লৈরি য়াঙলীশোল
শিঙকাপ পরিংথানা মালেম লৈশেম্নকপা
কোরৌ নোংহৌরকপা
খোঈযুম সনা হকচাং তুখোঙ খুদিংদা
তাইবং থরায় মশীংগুনা হাকোকপা
কোরৌ নোংতুবা মালেম লৈতাইবা
খোইযোম থকসি রাম্নেলবা, চীংঙুখাসি নোংহম্না
চীংঙু নত্তে য়াম্না খোইযোম শালওন হকপা
নাহমোং মৈক্তেংঙু লাইরেল নাওথম্বী মপারি
থাঙই নাওফঙ্গ অহলবা ওইনা শালওম্নে
নশানৌ নাওফঙ্গ অতোম্বগা

---

অশীবা—সনামহি। তরংথক্তা—ঈশিংমথক্তা

লাইস্না নোংজেং ঙাতা পাত্তা
ছুবি য়েকয়েংনা লাইরেল য়েক্তুম্নরবগা
খোইমোম লাই ওইখিয়ে।

খোইমোম শালওন অমরক্তি
থাঙই খোংজরোংবা মপারি
চীংজেং নারল পাঙ্গনবা কৌনা শালওয়ে
অরাং কৌবা ঈ-মরুদা চীংপল পলশারময়ে
লম্নেল শঙাইপ্রৌদা কোরৌ মুমিং মঙানি ফাইরময়ে
পাসা খুম্নেলনৈদ খোইয়ুম লাই ওইখিয়ে।

চীংঙু শালওল অমরক্তি
লম্নেল লাংজা লৌপুঙকৈ, পুঙকৈ লমন্নুংশিদা
চিঙয়াই চাহুইরোং শরা নাওফঙচা
হুপচিং লৌখৈ নিংথোবা
বাইনু চেংপারাচাবু শালওয়ে।

লাইরেল মৈতেংঙু খোঙতেকচা য়োইরেলবনা
চেক্লা নখোঙ পায়রে, মৈতেংঙুগা ঙাইরোইননা
কোরৌ নোংদা পাইনা খোইমোম লাই ওইখিয়ে।

চীংঙু নঙৈহে খোইয়ুম নশালওল অমরক্তি
লাইরেল মৈতেংঙু শেলবী মুংয়াম্বগী মশানৌ
নোংবাল্লোন থিঙবা ঙস্বীদা নারু কিয়ায়ে
খোইজি মিহুয়ে লোইদাম থাম্নুরে

নুমিৎ শীংন্দুরবগা লরাই কোইরেল শাংনা
খোইমোম লাই ওইখিরে।

চীংগু নত্তৈহে খোইয়ুম নশালওল অমরক্তি
লাইরেল মৈত্তেংগু নোংথোরেল শেলবী খাগেম্বগী
মশানৌ নোংবাল্লোন অঙৌবা চন্নু
কোরৌ নোংখিলচাইবীগী গর্ভ মীপুক চঙনা
নাওনৌরে।

শান্ন পাওদোই হৈরক্কুবদা মোংবা য়ুম্নিংত্তুংগী
শুমাই নুংলাংপাল শেলবী অপোঙ ইংখোল্লেলগী
পামেল উত্তোলথক্তা কানা খোইয়ুম লাই ওইখিরে।

চীংগু নত্তৈহে খোইয়ুম নশালওল অমরক্তি
খোইসনাম নিংঙোলবীগী মাঙ্গোল মনুংলাংদা
তরেংখোংফাংলৈ থাপ্লৌ মরিল শিংপগী
থাবী মরূপ ওইনা শালওল্লে
চীংগু নত্তৈহেদি খোম্মা লৈশাংখোংচাগা
লেম্লৈ ঙারম চৎমন্ন শারেল পুঙমদবু
লনকুবীরময়ে।

চীংগু নত্তৈহে খোইয়ুম শালওল অমরক্তি
লাইরেল মৈত্তেংগু নোংথোরেল শেলবী খাগেম্বগী
খোম্লেল মংলানচান্দা, লাইরেল ইপা মৈত্তেংগু-ও
ত্তোল্লোং লম্বহল লাল্লোই হয়িংখোংবু ঙম্মোন্ননা

চীংঙু ইকাইকম্বু শালশেম-ও
নোংয়াই নৈশাংখোংদা, খোইয়ুম ইকাইকম অমা শেমও
নোংখৌরেল শেলবী থাগেম্বনা শালশেমখিয়ে।
চীংঙু মতিক অকুবদি
লাইরেল নোংথৌরেন শেলবী থাগেম্ববু
খোংনাং কাতি হিদেন্দা, মঙ্গল খুন্তা চলগে ভৌববু,
চীংঙু নরলকু খোইয়ুম নখৌজান্না চানবীরকয়ে।
লোইদাম নকুমতম, চীংঙু নকুম থায়বু, তেংথাজবনে।
হে খোইয়ুম : সনা নিংথিবা, চীংঙু তেলনা লানবন থন্না
মাচেঙ কাইরৈভোকলামথামগী চুনবা।
কাইরৈ য়েল্লক চংশবু য়েলহৌদবা।
তেকপী ওকথোঙখন্না কাইরৈ য়েম্নোঙ ঙাকলিবা।
হকচাং কয়াংলুংগী, শিঙলেল থম্বাক্লে,
ভাইবং থবায় অপকমা পুমনামকপু,
লাংবল কাওরেল শলশেলবঙুম,
অয়ুক অঙনবদা কোম্থাবীরিবা,
নুমিদাং অথেঙবদা কোঙনবীরিবা,
চীংঙু থবায় মীপোকপা, খোইয়ুম নমু পোংশেম্বা,
কোনকু নিঙথম নানৌবা, চাহুই লেংথাঙ কোকহেনবা
বায়ক মুংনাং অপিশক, হুই নাহা থাঙনৌবা
কাফদবা লাইয়িংথৌ মঙ্গল (মোগোল) নাহাক নিংথৌগী মচা
নিংথৌ ওকশিদবা কোক্লেনথকী থাইরৌবা

সুমিৎ শীংন্দুরবগা লরাই কোইরেল শাংনা
খোইমোম লাই ওইখিরে।

চীংঙু নত্তেহৈ খোইয়ুম নশালওল অমরক্তি
লাইরেল মৈতেংঙু নোংখোরেল শেলবী খাগেম্বগী
মশানৌ নোংবাল্লোন অঙোবা চম্নু
কোরৌ নোংথিলচাইবীগী গর্ভ মীপুক চঙনা
নাওনৌরে।

শাম্ন পাওদোই হৈরক্লবদা মোংবা য়ুম্নিংতুংগী
শুমাই নুংলাংপাল শেলবী অপোঙ ইংখোল্লেলগী
পামেল উত্তোলথক্তা কানা খোইয়ুম লাই ওইখিরে।

চীংঙু নত্তেহৈ খোইয়ুম নশালওল অমরক্তি
খোইসনাম নিংঙোলবীগী মাঙ্গোল মন্নুংলাংদা
তরেংখোংফাংলৈ থাপ্লৌ মরিল শিংপগী
থাবৌ মরুপ ওইনা শালওল্লে
চীংঙু নত্তেহৈদি খোম্মা লৈশাংখোংচাগা
লেপ্লৈ ঙারম চংমন্ন শারেল পুঙমদবু
লনক্লুবীরময়ে।

চীংঙু নত্তেহৈ খোইয়ুম শালওল অমরক্তি
লাইরেল মৈতেংঙু নোংখোরেল শেলবী খাগেম্বগী
খোম্লেল মংলানচান্দা, লাইরেল ইপা মৈতেংঙু-ও
তোম্লোং লম্মহল লাম্লোই হন্নিংখোংবু ঙম্লোম্রনা

চীংগু ইকাইকম্বু শাল্লশেম-ও
নোংয়াই লৈশাংখোংদা, খোইয়ুম ইকাইকম অমা শেমও
নোংখোরেল শেলবী খাগেম্বনা শালশেমখিয়ে।
চীংগু মতিক অক্নবদি
লাইরেল নোংখোরেন শেলবী খাগেম্ববু
খোংনাং কাতি হিদেম্দা, মঙ্গল খুঙ্গা চলগে তৌববু,
চীংগু নরলকু খোইয়ুম নখোজান্না চানবীরকয়ে।
লোইদাম নকুমতম, চীংগু নকুম খায়বু, তেংখাজবনে।
হে খোইয়ুম : সনা নিংথিবা, চীংগু তেলনা লানবন থন্না
মাচেঙ কাইরৈতোকলামখামগী চুনবা।
কাইরৈ য়েক্লক চংশবু য়েলহৌদবা।
তেকপী ওকথোঙথন্না কাইরৈ য়েম্থোঙ ঙাকলিবা।
হকচাং কয়াংপুংগী, শিঙলেল থম্বান্ন,
তাইবং থরায় অপকমা পূমনামকপু,
লাংবল কাওরেল শলশেলবগুম,
অয়ুক অঙনবদা কোম্থাবীরিবা,
নুমিদাং অথেঙবদা কোক্ননবীরিবা,
চীংগু থরায় মীপোকপা, খোইয়ুম নমু পোংশেম্বা,
কোনফু নিঙথম নানৌবা, চাহুই লেংখাঙ কোকহেনবা
য়ারক সুংনাং অপিশক, হুই নাহা খাঙনৌবা
কাকদবা লাইরিংথৌ মঙ্গল (মোগোল) নাহাক নিংথৌগী মচা
নিংথৌ গুরুশিদবা কোক্লেনথকী খাইয়োবা

লাইরেলথক্কী য়েল্লোবা, অতিয়াথক্কী শেংলোবা
কোরৌথক্কা হান্দোংবা, চীংঙু ময়াইবী হুমজাওবা,
খোইয়ুম মৈরি তোমশংনবা,
অঙালবা লৈত্তোঙ লেপ্পা, চরৈ লেংহুম চাওবা,
মাওবী রাঙুম শোম্বা, শোম্বা নংগী ওৈরিখেল
ওৈরি ওৈরাখেল, লোক্তাক চাওখোং নায়েখোল,
নখোল উরেঙ খোলদানবনা
সম্ব মুংওন পুক্লিঙছুবা
শ্রম চোতে লুপাক মমুংদা,
শিঙলেল লৈনম মুংশিববু য়াওমরিবা লাইয়িংথৌ-ও।
লাইয়িংথৌ থোংনাং ইশিং চাইবা
ননাই নচা নঙ পুম্নমকপু
অমম্বদা খোথাবীরিবা, উদবদা রায়েলবীরিবা।
থোঙলেল তারা ঈপাল শায়
নোংথি কোঙয়াঙ ইচৈঙ
লোক্লৌ পুনম ইনমথাঙ
য়েলবোল চারা ইখোঙশোম
লাংজেং চারা ঈরুথেংপু ওইরিবা শীজ ইবেম্মা
শুরুমী কৈরা তাজিনথক্কী তাথোক্লকয়ে হায়রবগী
নমিং লৈমা তান্নু নিংথৌ কাংবা কাচেং মায়রুবী
খোইয়ুম অহম্মকপু থুরুমজৈয়ে। ॐ।

সনামহি খৌবগী মরোল—

সনামহি নোংগে হায়না নীংলবদি নোংদরিঙৈদা অমাইবা অমাইবী থিবা হৌনৈ। পুরোন থিরবা মতুংগী হৌনবী হায়গে। লফোই লফাং অমা হৈরা খরা পুত্থনা গুরুগী য়ুমদা চত্তুনা থুরুম-জরুই। ॐ।

নোবা লোইরে হায়রগা নোংঙাল্লগা গুরুগী য়ুমদা পোং-চৈ পুত্থনা চংকদবনি। পুংদবদি লফোই লফাং অনি য়াওগনি চফু অমা য়ারাল অমা য়াওগনি। চেং-চাক য়েনশাং ঙা-থুম-নচিংবা অসি থৈবিক য়াওনা অথেনপোং শেমগদবনি। ঙমজবা পৈশা খরা হাপকদবনি। নোবা হৌবা মুমিংকী অহানবদা কি হোংগনি, চাকলুক থারম্লগা লাই ঈকৌরুগনি। লৈমরেল থুরুম-গনি। সনামহি থুরুমগনি। লাইরু থুরুমগনি। লাইরিংথৌ লাইরেম্মা থুরুমগনি। শারেল কংকনি। চবানফু কংকনি। চাকলুক কংকনি। তিন হোংলে। ঈহৌরে খাইজেং থুরুমলে, সুমাঙ অপানবা থুরুমলে। মাইগৈ য়ুরাংলে। চেংনা চীং শারে। মীফম তিন লাইফম তিন লৈরি চিংলে। ঙারেম চাকলেম কংলে। ফুংগা মৈনীং খোয়ে।

---

নোবা—হবাওবা। পুরোন—ঐগী ইথক্কা লৈবা ইপা ইপু। গুরু—লাই থুরুম্বা মাইবা, মাইবী। মাইববু - ইপা গুরু। মাইবীবু—ইমা গুরু কৌই।

নামহি নৌবা—মীরোন অমদা অমুক্তা নোগনি। গুরু অমম্বুং পুগী মতুং ইন্না নুমিৎ ছুমনি থা অহুম নৌবা য়াওই। মাসি নোংমদা নৌবা লোইবগীনি।

চবানক য়েংবগী—লাইরু কুৎপা লাইয়িংথৌ নামুংবনে। ফম্মেন্দি কুৎপা পাখংবনে।

মাঙশোক কুৎপদি লৈমরেম্নে। মৈনীংদি পাম্বোইবীনে ময়াই কুৎপদি কনলিঙৈদি কৈরে নারবদি কু-শাবা কৌরে। মাঙ-শোক্তগী ফম্মেন য়ৌনা কুৎলবদি লিন লাইনে। ফত্তে

নুমিৎ ছুম্নি থা অহুম নৌরবস্থ লাইদি ঈকৌররোই ভেশিন্নগনি। ভেশিনবা মতমদা—লাইমাংদা থারম্বা হৈ-লৈ পুম্নমক ইশিংদা থাদগনি।

থাদবগী মরোন্দি—শমুদ্র গঙ্গা ঈরোং মাপম্বা ঈতিম্নুরো হায়গনি।

## মিকৌরোল

হোইরৌ হয়া হোইরৌ হয়া সোই হয়া সোই
হুং হুং লি-লি-রি, লা-রা-লা রা, হুকসো
হা-হ-হ নংবু হায়গে, হ-দি লৈমরেলনে
র-দি কৌবরুনে, স-দি চীংখৈনে
লাইশং মুক্তাবলি নম্বোলদগী কারকও।
ক্রুম চীং মখাদগী কারক-ও।
হে-তক অনেতক, স-ঙমদরিদং
খোয়বু হোৎলে, হে খমতিঙকোল-ও!
নংনা নাওরা অংগো অনিমক্কী, খোইজিন্নুংদা
য়ারান্নুংদা হংঙোই তাঙশং ওইহনা
চাওচৌনা খাফাকপীরা-ও।
য়োইমোংবা নংম্নু তাওখিংমাঙদা মাঙবী-ও।
হয়ি হলবা, হয়া হলবা, কোরৌ হলবগা
নোংবু হলবগা, মালেম হলবগা, লৈবু হলবগা
কোরৌ নোংঙুগে মালেম লৈতোংগে।
লাংনা মাবু কিসিনা-কি, অসিম্নুঙ মদোমদে।
হে ইমা ইবেম্মা! নাকথলৈমা পাওয়াম্বী,
ফুরেপ লৈমা লুজাওবী, চাম্নৌ লুকমা তৈনগে,
ঈচিক খুমা মিয়গে, ঈশা খুমা তৈনগে,

মকোকপনা খুজরো, মকাবীনা য়াজরো
হা! থা ঙেতু নচা মোইরাঙ্বী পোবীরে,
হৈবোং মরোঃ অমম্তা হুম্বীরকও।
নথিরক্তা তারে, নয়ুংরক্তা তারে
খুনাগ্নে কনানা চাসিবা
অসিন্নুঙ মদোমদে।
হা ইমা ইবেম্মা! হোইরৌ হয়া, হয়াসোই।
হা অঙোবা কাইনৌ চীংশোম্বা
কাইরৈ মযেলচা, চেংজা মযেল, অঙোবনা
শাগন ভুফাঙফুনা
ইনুং কেকেরেককে চীংখোঙ য়াগা কৈরক্লে
মখোম নৈমা কবোকনুনা, শংলৌ পানখোক
য়েল্লাংচালবু চাম্না ফুংলবগা;
মপাল অঙোচনুনা, মম, মম, কুক, কুক
তারা খুংপুল হুকহল্লে, লাইজ চিনখুল ভেংহল্লে
অসিন্নুঙ মদোমদে।
হঙ, সঙ, হঙ অখিঙকোরে খিঙকোরে
লাইরেল কোকপা খিঙ্কোরে,
খিঙ্কোলাংমৈ খিঙ্কোরে, অ-ভে, অ-ভে
হিঙস, হুঙর্স, হুঙস রে-রে
হে নাওরা অঙ্গো নংবু হায়গে, হায়গে ভাও-ও!
নাহয়োং ত্রঙ্গা বিন্দু অরুববু

পম্মৌ নপা পোকমাবদা শিন্নৈঙৈগী,
নপম্না সনা চীংগী নম্বোম্দা নাওপুরে।
কৌবনা কোম্লে, কৌবদে র-নে ;
চীংখৈ ফিথুপ্পা হুজিনখিরে,
চীংখৈদি স-নে সনামফিবু থোঙশঙনরে।
·সনামহিনা শুবদি নাওথিংখোঙবু শুইরে।
খোল কৌবদি খোয়রিনে, লৈমরেম্না য়োম্লে।
লৈমরেল হ-নে, কোলোই মিংখোংবু মঙাং কৌরে।
লোইদাম থাবুম অনিশুনা নাওপুরবগা
পলেম নম্না পোকমাবীদা শিন্নরে।
পলেম্না সনাচীং খাংবদা নাওবু য়োম্না য়োম্লৌরে।
নাওয়োম কৌবদি হ-নে, হঙস-হঙস-হঙস হঙস-হঙস
চ-চ-চ-চ-চ, ক-ক-ক-ক-ক, রিহি-রিহি
ওইগী লুপাদি বৃজনে, য়েংকৌ সনাদি মুমিংনে,
লোইদাম থাবুম ভরানি, মুমিং শীংবুম চাহুমনি
ইফা ইমেম্লে, কোলোই নমিংখোংবু অঙাং কৌরে।
অঙাং নংবু তাইবংপান নোংশাপাল খোক্লো
হায়না শুরুনা পাওমেল্লবদা থোক্লে।
মালংপানবু য়ৌরক্লে, কোরৌ মুমিং মঙানিবু
খাম্বী মৈনীং কুম্লে। অসাইখৈগী শংলৌ
পানখোক য়েম্লাংচানবু চামনা ফুংনা
ভরা চাহম ভমগী-চাখোম লুইরোই অমদি

থরায় মঙা ফানা চাক্লে, চাখোম লুইরোই অমদি
মিরেল তরুকমক ফানা চাক্লে, চাখোম লুইরোই অমদি
লৈমরেলনা ইনবা চাক্লে, চাখোম লুরোই অমদি
তাইবং মালংপান অসিদা নুমিৎ শীংবুম কুই
লাংহৈ কুমওম্ববা চাক্লে, চাখোম লুরোই অমদি
গুরুসিদবা মথোজানগী য়াইক মিংচৎ চাক্লে।
মি-মি-কুক কুক অসিম্বুঙ মদোমদে।
লোইদাম থাবুম অনি গুরে, কোলোই নমিংথোংবু
নাওরা কোয়ে। মে-মে লোইদাম থাবুম অহুম গুরে,
কোলোই নমিংথোংবু অঙ্গো কোয়ে।
ওং-খেং-খেং, খাথোং লাইথোং মরোংথোং
অহুম্মকী মথক্তা থিগোঙবী লৈয়ে।
থিগোঙবীগী মনুংদা তাওরোইনাই কৌবা গুরুনা
মমৈবু ময়ানা চিক্লা লৈয়ে।
হে গুরু নংম্বুঙ লেঙবীগুনা কোলোই নমিংথোংবু হ কৌয়ে
হ-হ-হ নংবু হায়গে হায়বনে।
হে ইমা ইবেম্মা য়াওরৈবী লৈয়েংগী মতোম্দা ফম্লিবী।
নরৈতোলবু, পোম্রা কৈখেল লিংলিবী, নংম্বু লেঙখৎপীরক-ও।
কোলোই নমিংথোংবু হায়গে তাও-ও!
রি-রি-হুক-স-কোয়ে। অসাইতৈগী নাওরা অঙ্গো অনিমকী
থরায় মঙাবু শৌকংপিরক-ও,
মিরেল তরুকমকপু লেঁঙখৎপীরক-ও।

হা ইমা ইবেম্মা! থবাক ভালকম শণখোঙদা কম্লিবী-ও,
কোলোই নমিংখোংবু হে-রে-ক্কে-কোৱে
থরায় মণ্ডামকপু কুম্মীরক-ও,
মিরেল তরুকমকপু লাকপিরকও।
থজিন লাকা মায়েমচম্মী পাক্কা কমলিবী-ও,
ইমা লৈমরেল সিদবী-ও, কোলোই নমিংখোংবু হায়গে তাও।
নে নে হুক কৌবী থরায় মণ্ডামকপু য়াবী ও,
ইমি তরুকমকপু য়াবী ও, কমপোংপুন্তগী থুংজরে
হা ইম্মা ইবেম্মা! থরায় কোল্লে, মিরেল কোল্লে,
থরায় মণ্ডামকম্সু কুম্লক্লে, মিরেল তরুকমকম্সু থুংলরে।
লম্লেন মদাইমা লৈমরেল সিদবী ও,
নাওরা অঙ্গো অনিমকপু থেম্মী ও ইমা ও।
কোলোই নমিংখোংবু হে রে কৌবী,
পারি নাওরা অঙ্গো অনিমক ও,
নপল ঐনা নাওথেম শৈহোগে।
নবেল লৈমা লাইথুরেম্মীনা, নাওথেম শৈবু লৈয়ে।
পারি নংবু, ললহাম্বুংগী কাককৈনা, মনা হুমাই শাববু উবরা?
তোকফমদগী ভামুনা খোইচু তোল্লোংচিলববু উরমবরা?
পারি কোংবদগী ভাথানা, শারোং কানক্লা তোইহং কৌববু
ভারকপরা? পারি শমু মোলশাং ভম্মীনা তেলগাই থাদা
ভনখংলকপত্ত উরমবরা পারি?
শুক্লা মপাল শাবা, য়াংকোক্লা মহৈ য়ানববু উরমবরা?

হা পলেম ইবেম্মা উরমদে, ইমা খমচিঙকোন লৈমরেলসিদবী-ও।
অহুগীদি পারি নাওরা অঙ্গো অনিমক-ও, নবিঙানিবু
খুরাই চিংবীরোক, য়াইঙং পোকখোক্লমগী, নপল নিংথৌ
গুরু শিদবা সনা মখোঙখাবু ইন্দ্রানখি-ও হায়না
গুরু সনা মখোঙখাদা য়াইথুংলে।
লাও-ও! হা-পারি অঙ্গো অনিমক-ও
কোলোই নমিংথোংবু হায়গে তাও হে-লপীরেস-স কৌয়ে।
গুরুশিদবনা য়োইবু খমচিঙকোন্দ শিন্নরে।
য়োইবু খমচিঙকোন্না পারি অঙ্গো অনিমক-ও
নবিংঙানিবু মরম লয়েন মদাইমা, খিঙ্গুরাবা মচীংজিনবু
অমরক হন্না লৈমরেল খমচিঙকোল অনিমক্কা নাওরা অনিমকপু
ফুরেপ লৈমা লুজাওবীদা শিন্নরে। লাও-লাও পারি অনিমক-ও।
পারি অনিমক-ও হায়না চরৈ মইলফিনা কোনবীঙময়ে।
নপল থ্রৈনা হায়গে, পারি অনিমক-ও।
তাইবং নোংশাপানবু ছল্লান নম্মুক্লনা চেনকরোইয়ে।
মরম লমলেন মদাইমা থরায় মফয়েন,
মিরেল নকাইকম লেঙকরোইয়ে, খুজিবীলোক্কা থুংলয়ে।
নাকথলৈমা পাওয়ান্নীনা পাওয়ারে।
লাও-লাও পারি নাওরা অঙ্গো অনিমক-ও,
থরায় নফয়েন্দা কমকমলরো,
মিরেল নকাইকমদা কমদোংলরো,
মালংপানবু পায়সে, অগুববু লাংমা

অশাববু লাংমনা থরায় লিকারে
মিরেল লিথুরে। হা খোইদোঙ শলশেনবা,
নংগী শল লাংবদি, লাংবা কোন্দকরোই
মিরেল লাংবা লাংথুগে, কোঙ্গোই লাংদবু লাংথুগে।
হা খোইদোং শলশেলবা, লাংবা থৌরি খোকফরোই।
পারি. নৌরা অঙ্গো অনিমকপুন্ন নপল পলেম নমানা
কুক-কুক-রোই-রোই হায়না থরায় লিথুরে, মিরেল লিকারে।
খোইনৌ ইতা, ফুরেপলৈমা লুজাওবী নংন্নু
নপারী নৌরা অঙ্গো অনিমকপু নাওথেম্বী-ও।
হা পারিগী থরায় মঙ্গাংক-ও, মিরেল তরুকমকপু
কুরুমচৌং লম্বহন্দগী, কিং-কিং-নে-নে রি-রু-ন্নু
না-না, হিঙ-রি-রি-হিঙ-রি, থমচিঙকোন
হিন-মে-মে-হিঙ-সো-রে-রে, হিঙচ-করো,
চুক-ক্রিঙ-ব্রিঙ-গ্র-ক্রি।
খোইরুম লাইয়িংথৌ সনামহি নংগী তেম্মা কাপথরো
নমিংদি ওং কাক চৌংবা কারাইরো কার থিরুকরু ওংহে।
মোইরেংজমদা পোক্লিথৈদি শঙ্খোঙ পুঙমাইলেপ্পা রাকৈযোং কোয়ে।
নহাবা মোইরেংচাম্বা, নচুবু নোংখা-কুপকুম
মৈরাবু কিশেংনবা, ইশিং অচৌববু খুনেংনবা
নমিং হায়গে তাও, ভুমিং হরংচি কোয়ে।
অমরক যুমজিন শন্দংখাদা লৈরে, লৈচিলবু কিশেংনরে।
থাবু মথাদা পয়ে, মুমিং তাওজিং হৈরাংচানগুম্বা

শমু নখুংতোন্না পায়রে। মমিংদি খ্রিং-অং-ভাওহিং
হু-হোইতি কৌয়ে।
অমরক নুমিংকী মশেক্না হুজিনখিরে।
কোলোই নমিংথোংবু তোকপা শাওইবা কৌয়ে।
হে ইবুংঙো তোকপা শাওইবা ও,
নংনা নাওরা অঙো অনিমকী
লাইবক খেল্লাইথোঙদা পক্লে।
তোকপা শাওইবা কোল্লোই
নমিংথোংবু অপকমা কৌয়ে।
হুংহুং লাইওইবনা, য়াঙবীরেন্দা চেন্নে
কোলোই নমিংথোংবু য়াইবীরেল শিদবা ও কৌয়ে।
খুঙ্গাপামগী শিঙ্গোংবগী ওন্থরক্লে।
কোলোই নমিংথোংবু খোংজোমনুবী রাকমপোম
হুমদা ভাপিপুঙমাইরোঙ কোল্লোই নমিংথোংবু
ত্রিঙ-হ-চিরিঙ কৌয়ে।
পলেম নংবু কায়গে ভাও ও!
অসাইঙগী র না কৌবরু কৌইঙগী
নাওরা অঙো অনিমকপু য়ুমদিনইঙগী
কোলোই নমিংথোংবু ইং-ইং-হ-হ-হি-হিংংমে শারমদম কৌয়ে।
গুরুনা লা লা লাইজ খিককেন্নরে।
নাওরা অঙো অনিমাস্থুঙ,
হুরোন খোংদগী খোরক্লে

লমজিং খোংদা থুংলরে।
মিং-মিং-কা লৈকাবী নং কাবীও-ও।
মে মে ওনশাওবী নং শাওখংপি-ও।
লি-লি-রি-রি-লৈচিঙবী নং চিংখংপি-ও।
চ চ বৌ বৌথোঙ্গী নং থোঙ্গী-ও।
উং-ওং-কুরাং, উং সুসাই, অরোসুসাই
সারাভিংহা ইচুমল।
মানসৈ থুরাই চীংখোঙ শলশেলবা ও শলবা কারকররা?
নপা নিংথৌ, হোই-হোই-হোই
লাবা মুনু, কোল কোল,
মুনু লাংবী লাংবা রো-রো
মুবা নিংথৌ অতোনবা
সনা চোংলেন খলবা-ও
সনাকমদা কমলসে
হা চংলসে।
মি-মি-কুক রো, হক সুসো
হা ইমা লৈরেল ইবেম্মা-ও। চীংলৈ নামুংদগী
শিদ লৈবু পিরম-ও, নাদা লৈবু খাইরম-ও।
হা নাওরা অঙ্গো ও। নমুলৈবু লৈরাইনরো ও।
নোংলেল লাইনোংশাং, হোংনেম লৈপুক্সি
পিথ্রাইবী শেমখং-লৈ, শেন্দ্রাইবী ভুরৌলৈ,
মোংবা শুমিং লোন্দবা, য়াবা ভাওভম চাদবা

শিঙলেল খিং-খিং নারাইরাং
লাংনা কোংবাল্লৈ, মুন্নু লাং নানমল্লৈ,
থম্বাল লৈকা ইথোল্লৈ,
প্‌ক্লিং কিশি লিঙিল্লৈ,
মালেম ভমপাক লৈহৌ-লৈ,
লা-অঙ্গো মপুঙ ফানা লৈবু
লৈরাং লৈরাইননা
গুরু অথোইবগী সনা খুয়া থম্বাল লৈথোঙখাদা কোঞ্জিল্লম্লগে।
হয়ি হয়া হে-হে লিক্লাই-ও।

---

# "লৈমরেল মিকোরোল"

হা-উং-হা-য়েং। চিরিক-ও, চিফা-ও, চিখা-ও, চিখোম-ও চিথুম-ও,
চিরাংলক্কী ফেম্বঙ্গৈ, নোংলাংকোলগী থাইথা-ঙ্গৈ,
কোরৌদি মচি-ঙ্গৈ, রাংবল মনাও-ঙ্গৈ,
কোবা লোকচা খমজা-ই, শারোল মংলোল-ঙ্গৈ
থাকপা পুরৈরোম্বা-ঙ্গৈ, পুল্লাং নাগাইবা-ঙ্গৈ,
লাইয়িংথৌ শরারেল-ও, নশল মরিকপী মরাংবী,
অসেম্বী অশাবী, শলখোম্বী শলখোম্বা,
নাগুদি হেপুংথৌ……অসিবু নুমিংনা তৌবগুম
লুবীও শেংবী-ও হায়বগীদমকপু।
ভাইরেম্মা পুংফাইনা, নাপীনা শিঙবীনা,
শচুনা মালতেক্লা, নাপুনা নাশেম্মা,
নাথাইনা নাতাগুনা, শয়োম্মা উকোক লৌহিংনা,
উকোক রাকোক্লা হা-উং।
লরাই কোইরেনগী, লাইবক খেল্লাইখোঙগী,
পিশুম পাগোইলমগী, মিংমৈ তোল্লাম লমগী,
থাদাঙ চুম্বুল লমগী, খৌরি চাকয়োংলমগী,
থবাক ঙাংখম লমগী, থজিন থমোয়লক্কী,
পুকসি হুইথাক্লমগী, ছক্লি লুশম লমগী,
য়াংঙেল লাইগারক্কী, খাংপমসি লমগী,

নিংথৌ কৈদোল্লমগী, কৈগন কৈপাক্লকী,
কপ্লাক তাল্লকী, খুকউ কাঙ্গোইথোংগী,
খুবোম চংলৈ খাঙদোংলমগী, খুনিং মোইদোল্লমগী,
খুজিন খুয়ারকী, কঙবা হাওখিবা
খুনাম্বা নাঙলৈবা পুম্নমক্তি থরৈরক্তা তাথরো।
ননাইগী অকবা মুংঙাইবদি
রাকমনা খানিং মিকৌখংলক্কে।
থরৈরক্তা তারববু, লেম্লৈরকতা তাররবু,
পু-ওইরক-ও, পু-ওইরক-ও কায়বগীবু
রাকমনা খানিং মিকৌখংলক্কে।
না চম্লোংগী;
নপল পলেম নমানা, গর্ভ নাক্লৌ ফিয়ালথৈ,
খোইজি খাঙকা মিচুলগী, অওলাংথৈ ওলাংথৈ।
পলেমা খাম্বী মৈপা ল্যাংনা নাওপুথৈদা,
থরায় লাইখংখিবা, মিরেল হামচংখিবা
পুম্নককপু খামিং মিকৌখংলক্কে।
পলেম পিবুক্লুংগী, তাইবং মালংপানবু কাওরক্লবদা,
নপল পলেম নমানা, লোইদাম থাবুম অহুম শুরবদা,
পলেম নমানা কৈরাতান্দা পম্না, লেম্লৈ ঙাতোংশেং
পুম্নাং ময়োন লোনা, তরা চাকইল ভমথৈদা,
মিপাই থবাইখিবা, থরায় লাইখংখিবা
মিরেল হামচংখিবা, রাকমনা খানিংলক্কে

খানিংমিকৌখংকে।
নপলনা চরৈ নাহোংশা, মাল্নৌ থুপকীনা
পাইথু লেংহান্নবা, শমু নমদা পোনা,
থাঙ্গ হেপ লৈকাই পালশং কেল,
ভুরেল খাম্বা লানবদা, থরায় লাইখংখিবা,
মিরেল হাম্বোইববু, রাকমনা খানিংখংলক্কে
হাওরৈ খানা পাংবদা থরায় লাইখংলকপা।
লাইজ ঈরেল পুঙদা খাম্বী মৈদা
তেকপী ওক্তা কাওরেল শলদা
কাইরৈ য়েলদা য়াংলৈ তাওবা হুইদা
উদা রাদা থরায় লাইখংখিবা পুন্নমক্তি ;
চেপসি পয়া লোং শংগাই য়াইনম লোং
ফুমথি হামংলোং লেম্লৈ ঙাকা-লোং
থারায় মিকোল-লোং লোং মঙামক্লা
থরায় মঙামকপু কৌখংলকলবনে
সুঙবীতাও নংস্মুঙ তাওখংলক-ও
খঙদনা শিলহৈবী নংস্মুঙ শিলখংলক-ও
উদনা শিলহৈবী নংস্মুঙ শিলখংলক-ও
লৈমরেল সিদবীগী রানে সনা কাকোক
মখুম খুম্নবনে।

---

## "অরিবা শৈশক খরা"

কেক্রে কে মোক মোক
য়াঙ্গেন শম্বা শাও শাও
ভোকপগা কাম্বগা কৈ-গা য়েনগা
য়েনখোং ফজে চাশিল্লু
লাইগী য়েন্নি চাকয়োই
ওসিগী কোয়ৌ নুমিত্তা
লাইগী কংলৈ শুমাঙদা
হা ! য়েনবী চাজেনবী
নচাবু চেংনা লাঙ্গোল্লো ।
পলেম মানবী ইমাখোই
লাইগী কংলৈ শুমাঙদা
শারি নমোম অনিবু
চরৈ ফিগাও শানা লাঙ্গোল্লো
পম্ভৌ লেংমায়বশিং
লাইগী চুংবু ওক্তা হুক
তিমেন তাদি খুত্তা পায়
থবাক চুংওইনরুসি
পাম্বোম তাওইনরুসি
রায়রা শাথোঙ অকনবা

হুয়েন লাম্থোঙ অকনবা
পানবা কৈরেন অথৌববু
হাওরৈ থানা পাংবলমদা
হো হৌরিহে তাম্থোকসে।
রিশারি রিশারি
রিত্রা রিশং চন্দ্রাবল্লি
অগ্নি খুৰ্জী এনা চনম
রায়নৌসে রায়নৌসে
চরোং লাংমৈ রাইনৌসে
কাওনসে কাওনসে
কৌনা মতোন কাওনসে।
হা ইপু পুথ্রম্বা
নংনা মোইরাং শোক্লবা
মোইরাংগী জয়না কবনা
নংগী শগোল পত্রসিং
শগোল পত্রসিং লুরাউবা
শামাই কোংবোন থিনববু
নাকথং হিংঙোন তৈববু
শোরিগী মাপন কুম্বাশা
অরাম পাইবী ভেন্দোংগা
হো হোরিহো ফাহৌরে।
শগোল পত্রসিং লুরাংবা

অহিংগী তান্দন ওইদনা
নোংথিনগী চেক্লা ওইনবী
হো হোরিহো পাইরকও।
ঐন্দু পাইগে মনীংই
য়োংপীগী হংনা কনবনা
কুরাও হংনা চেৎপনা
হো হোরিহো উমদরে।
হোরি হো র র র
লম্লেন কোইজিং মত্তোন্দা
সনাগী দলান শারিবা
দলালগী চিথেক মরিদা
সনাগী শারা য়াল্লিবা
হো হোরিহো ফজরে।
র-র-র।
কনানা শাবা দলাম্নো
কনানা শাবা দলাম্নো।
শোরারেনগী মচানে
লাইনিংথৌ খোইরি কাবনা
হো হোরিহো শাবনে ॥০॥
লোইবী হেম্বা অমুবা
শ্রীযুৎ চীংথংখোম্বনু
পোইরৈ কৈদা উবগে

লমদম কৈদা লৈহৌবগে
হো হোরিহো হংনিংই।
শ্রীযুৎ চৌংথংখোম্বদি
বৃন্দাবোনগী লমদমদা
মাওবী পোঙশং মখাদা
সনাগী খোংনাং মখোঙদা
মালা যব তৌহুনা
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা
হো হোরিহো লৈহৌই
র-র-র ॥*॥

চৌংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ
চৌংঙু নঙন চাওবা লাই
চৌংঙু নতিক চাওবা লাই
চৌংঙু কংলৈ শুম্বাঙদা
শাবী শানৌ ময়াম্বা
নদাইরেন পোইরৈ অহেনবা
ঔগ্রি থাবল চোংবদি
খুঙ্গাওনবা চোংবনি
লৈচাওনবা চোংবনি
চাকহোংনবা চোংবনি
ঙাহোংনবা চোংবনি

লনহোংনবা চোংবনি
পান্নি চাওনবা চোংবনি
ইমোম শাংনবা চোংবনি
লিংখৌ পুক্সিনববু চোংবনি
লাইনিংখৌ। ।০।
মণিপুর সনা লৈপাক্তি
চীংনা কোয়না পনশাইয়ে
হাওনা কোয়না পল্লেপ্লে
মৈতৈ পোইরৈ লৈবাক্তি
খৈনা য়াংকোক মওংনে
কংলামা খোইদৌ ওইবালম
ইরিন নম্বুন অনিনা
য়েংকা ওইগা চেনবালম
নোংমাইনা হাগত্রা হাদবা চীং
শেল্লোই নিকবরা নিক্তবা চীং
নোংমাই লোইবীনা হেনবালম
মৈতৈ পোইরৈ লৈবাক্লে
হো হোরিহো নরায়ন
হোরি হো রো হো। ।০।

---

## নামুংবা নুমিত্তা

(ককচিংদা লৈবা ইবুধৌ ইথক নিংথৌগী)
লাইমাতদা শকপা ঊশৈ।

"ওকশারি, ওকশারি,
ওকশারি খোমদোন নাতেকত্তা
নিস্নোংত্তা হায়এ।
ইমুং শেরে, ইমুং শেরে,
ইমুং শেরে কিমনা য়ান্নো রাইনো হায়এ।
ইমুং শেরে .... .... .... ....
লিকশংও, কামুবা নিংথৌ খাওশও জেলহৈবা
খুদোন শরিক অকিখান, শরিক নামুংলে।
নিংথৌ খাওশও অকিখান শরিক নামুংলে।

---

## ফৌত্তু ঊশৈ

হুমিদাং থাবল চেংজোইবা
কনাগী চানবা চোইবনো
ঠাকুড়শিদ লথোইবা
চানবা চোইবনে।

ইচে উরেম্ ইবেম্মা
কদাই ভান্না পাইগেগে।
চীংয়া কোয়না পাইগেনে।
ইপু শোইরোই খম্বা, ইপু শোইরোই খম্বা
চীংজেল খুনু লমলৈমচা, ফাবীয়ুকো ইপু।
খুনু পাপত্তি চাওই, চেক্লা পাপ্তি চাওই,
নোরোক লৈখা ভাগনি।
পারি ভাংবা হল্লো, পারি ভাংবা হল্লো…।

——o——

হা ইপু পুগ্রম্বা
নংনা লাংলেল কাক্লবা
লাংলেল রাবু কাক্লবা
অরিবা রাবু শোইতোকশি
অনৌবা রাবু শোইজিনশি।
কুন্দরসি নখোংদা
কোলগা লিক্কা শিলছাং।

——o——

হো হো হয়া হো
রাম খেনজোং মখেনজোং
শরিক লিখুম খুম।

পিশিন পিশিন ভারা পিশিন
মোই, মোই,
রাকা রুকা ভুম্বা পাগী ইংখোল্ডা
লাই প্রভু চেনশিনবা
চৈম রুকমা খোক খাক।
(খুবাক অরুপ অয়োং তৌদ্রনা শাম্নবগীনি)
পুং পুংজাও নাপুংজাও
দোলাই নিংখৌ তল চানা
হৈরাংখোংজা কাংঙা নিংখোং
খোক খাক।

——o——

থুমমি, থুমমা, থুমমি রুথুম
পক্রবা শমজি পাংঙোই য়াংওই
লমদাং কুরু।

——o——

অনম চোংলম চোংকাই
লুপাক মথুম সাহি ছায়া
পামপক থরম।

——o——

অপাওয়ে অপাওয়ে।
অপাওনা শিলছাং হাররম্বা
খোঙবীনা লুখোং মখা শৈ
কৈত্রেং বাংত্রেন বাংত্রেন খাংজম
ইখাই থাইনা কংলে।
শাক কংলে শাই ওমরসি
বৃন্দাবন।

---

## হিরাওরোন

হো ও, ও হো হো
হো ও ও হো হো
হো ও ও হো হো হো হো
হোল্লে হোম
লাইনিংথৌ
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বা
চীংঙু অনিমগী
লকুম কুম্বী কুমকাওদা
নখা থাবী থাকাওদা
থম্না পান

লাইরপান
চম্ চঙৌপান
তোংলেন লৈশংপানগী
লৈচাওনবা
খুঙাওনবা
চাকহোংনবা
ঙা হোংনবা
থুমহোংনবা
লন হোংনবা
কাওরেন শল্লাই তাদনবা
নম্ মীরাই তাদনবা
লৈবাক মরা তগ্নবা
নিংথৌ মফম চেৎনবা
শাগৈ নয়েকপা
নহু নপাচাশিংদা
পিবা হৌ
চমু হৌ
মাকচ হৌ
খেঙ্ হৌনা
হরাও শকশেমতম
খৌদোক কুপ্পেনগে হায়রবগী
খারী মরাং হৌ

অমাই মেনগা তিন্না
চীংগু অনিমক্ পাও থেম্বদি
লাইজ ইরোম্ দেগী
তুবী মঙেক লা
লাইরেল মঙেক লৈরোংশানা
রাকৈ থুনেংন
তোংজেং থূদাননা
লাইজ ঈকারকপদি
লাইনিংথৌ লাইরেম্ব মনাইশা
হিরু তেমাইলেপ্পা
হিনাও কাংদোইকম্বা
হিবুকশেনবা
লৈকু থমথেংকরোই
লৈরাই শীংয়ৈকরো ই
হি হায়যু
হি হায়যু
হি হায়যু
হায় হায়যু
হায় হায়যু
হায় হায়যু
হি : হি : হি : হায় : হায় : হায় :
উ : .... .... .... .... ....

---

হো ও, ও লাওরবা মতুংদা হোয়ো হোয়ো হায়বকপী মগায়া হায় হায় থুমগনি। হি হায়যু হায়রগা হি হায়না থুমগনি। হায় হায়যু হায়রগা হায় হায়গনি।

# ঈ-কৌরোন

হুঁ-হুঁ, হুঁ। হুঁ লিরি লিরি হুঁ ক্যা, শা, য়ো। লৈরোন নোংলেন অহুম্মগী বুমংঙোবু লৈয়ে, এ, ---- --- হায়রে। হাওনা নে, নে, নে। লৈরোন নোংলোন অহুম্মগী মবুংঙোবু লৈয়ে, হায়রে। রাহিগুম লৈনেম্ণকপা তোংক্রেংগুম ঈফাওরকপা গুরু লৈয়ে, হায়রে। গুরু হৌরো মপুরেন হৌরো। লৈশেম তরেং খুনেংনা মোংশেন হরেং খুদানরিবা মবুংঙোবু লৈয়ে। হায়রে। গুরু হৌরো হৌরো অমাই লাইথোঙ কাঙবী, চরৈ ফিঙৌ শেংপীনা, খুরক সনা লৈ-গা য়েপ, শীংলেন লৈয়োম শা, লৈরাং খয়োম পায়, ঙশরিক চোমজাওখিংনা, লিরি চীংখোঙ য়াকৈরে, গুরু হৌরো মপুরেন হৌরো। চীংঙু নংগীনদাইয়েম লৈমুং থাক্কক

অশৈবনা পেনা খাদা পম হৈজিং য়েত্তা পায়না লি-রি লু-ক য়াগা কৈরিয়ে। নদাইরেম শাগৈ নয়েকচা নত্তু নপাচান। চরৈ খাওইশা মালৌ থুপকিনা লৈশেম তরেং খুনেংনা নোংশেন হরেং খুদাননা ঙাইথমলিয়ে! গুরু হৌরে মপুরেন হৌরো! হরে রাজ হরে মনি, ইবুংঙো নংবু কোরৌ নোংমদোন মরোন মাপনমক্কগী খুনগুম্লকও। মালেম লৈখন মরোন তরেংমদগী তেরক-ও (তেখংলকও)। লাইজ ঈরোমুংদগী কারক-ও। গুরু

ইবুংঙো গুরু ইবেম্মা মাইগী মরি শুংদাই নিপামনা পোইরে শিজাই হুক্ মাখোইমদগী শীংলেন লৈতোন তোংবীয়ু লৈরাং খয়োমজুংদা তেবীয়ু। হুঁ হায়না তাইগে, ক্বা হায়না তাইগে, স হায়না তাইগে। হেরে মনী হে রে রাজ হে রে সিরিশিংতি।

---

## ঐ-কৌরোন

হুঁম — হুঁ ....... ....। হাওনা গুরু লি-রি লি-রি লি-রি। কোরৌ নোংমদোন, লু-রু, লু রু লু-রু। মালেম সনা লৈমযোন-গী নে নে নে। লৈরোন নোংলোন অহুম্মগী গুরু। কোরৌ নোংমদোন মাপনমজুগী খুনগুম্নক-ও (তেখরকও)। মালেম লৈখন মখোন তারাতরেংমদগী তেখংলকও। চীংঙু ইবুংঙো লৈমুরোন তরুকমদা য়াহিপ্প গুরু ইবুংঙো গুরু ইবেম্মা য়াওলো। লৈহাও-রোন মাপনমদা য়াভারিবা ভুবী নংবু য়াহৌরো। লাইরেন নংবু য়াকৈরে। চীংঙু নমাইবী লৈমুং লি-রি লিকোংবীনা খোঙজি নাতে কাঙ চার পৌরোন শং শরিক খিং খিং খিঙনা লি-রি চীংখোঙ য়াগা কৈজরিয়ে। গুরু হোরো হোরো চীংঙু নংগী নদাইরেম লৈমুং থারুক অশৈবনা পেনা খাদা শমনা লি-রি লুরু য়াকৈরিয়ে, গুরু হোরো হোরো। নদাইরেম শাগৈ নয়েকচা, নতু নপাচানা, চরৈ কিথাওশা মালৌ থুপকিনা লৈশেন ভরেং

খুনেংনা নোংশেন ভয়েং খুদাননা ঙাইখমলিয়ে। গুরু হোরো মপুরেন হোরো হোরো। লৈরোন নোংলোন অতম্বগী গুরু হু, ফা শোরোতে লৈগী গুরুনি নোংগী গুরুনি কুরু কুরুনি রু রুনী; কর করনী, চর চরনী, পর পরনী, গুবরানী। গ্যাননি জ্ঞান গুরুনি।

গুরু ইবুংঙো গুরু ইবেম্মা মাইগৈ মরি গুংদাইনিপানমা পোইরৈ শীংগাই হুম্ফু মাখোইমদগী লাইজ ঈরোম্ন্ দগী শীংলেন লৈরোম-মুংদা লৈরাং লৈতোন ভোংবী-ও হরি হরা হয়ুম।

---

মথক্কী ঈকৌরোন অসিনা ঈ-হাইকু হাইহুনা শক শোল্লগা অমাইবা অমাইবীনা ঈ-হাইফুগা লোয়ননা ইশিংদা লুপকনি। ঈশিংদগী ফাওকংলক্লগা মাইকৈ মরি তাইগনি (খুরুম্নগনি) মাইগৈ মরি তাইবা লোইরগা খওই পুবদা ঈ-হাইকু শিন্নহুনা মকম চানা হাপকনি অহুগা অমাইবা অমাইবীহুনা ঈ-হাইকু পুরিবহুদা ঈশিং অহুম্লক চাইখংকনি দোলাইদম্ব অহুম্লক চাইখংকনি। মতাং অসি নাওয়েম অমুয়াইমা পণ্ডিত অচৌবদগী অরিবা অইবা চেগা লোয়ননা কংজবনি। পণ্ডিত অচৌবনা ঈ-কৌরোন অসি ককচিংতগী ওইনা শিজিন্নগনি হায়না তাকপি।

তাং ২৯/৫/৭৭ ইং।

লোইরবা

# কোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১। নৈমরেল সেক্লীং।

২। খম্নোই য়াংওই।

৩। খম্নাং পারারী অহৈরোন।

৪। খোৗরামথাবা হিন্নান।

৫। শল কাও।

৬। চন্দ্রগুপ্ত।

৭। নোংথ্রং।

৮। অরিবা মৈতৈগী রামায়ণ

৯। অরিবা মৈতৈগী শৈথা—মমল লুপা———।

---

কোংবা চহি — ১৯৮১ ইং।

---

নম্ফম :— লীচিং প্রেস, ককচিং বাজার।